# পান্থোইবী নাহেরোল

অমসুং

# অমন শিকুম লোন

———:★:———

অইবা :—
শ্রীনাওরেম অমুস্নাইমা সিংহ
পণ্ডিত অচৌবা স্না কোম্
ইম্ফাল, মণিপুর

MANIPUR UNIVERSITY LIBRARY
CANCHIPUR IMPHAL 3

# পাঙ্গোহবা পাঙেংবালী

অমসুং

# অমন শিকুম লোন

—:★:—

অইবা :—
শ্রীনাওরেম অমুয়াইমা সিংহ
পণ্ডিত অচৌবা স্মা কোম্প
ইম্ফাল, মণিপুর

পুখ্রবক অইবগীনি।  মমল :— রুপা ২।০০

# হাংহৌদোক

পান্থোইবী নাহেরোল অমসুং অমম শিকুম লোন' চায়বা পুয়া অসি অকনৌ লমনশিংনা অরিব মৈতৈ মাং পুয়া হৌদুনা ইশৌ-রমই। অসিগুম্বা মৈতৈগী ঈশ্বাসনু কোংদোকচানিংদুনা ত্রেঙ্গলী ময়েক্তা ইথোকচবনি। পুয়া অসি হন্দক্তা মণিপুর স্টেট কলা একাদেমীনা পৈশাগী তেংবাং পীবদগী থোংদোকখি। চুমজে। মাসগীদমক মণিপুর স্টেট কলা একাদেমীবু থাগৎচারি। পুয়া অসি কোংদাকুবা তেংনবদা মমল য়ামদনা মতেং পাংকখিবা শ্রীনোংমাইথেম মনাওয়াইমা সিংহ অমসুং মাংলম্ম গৌরচন্দ্র অনিমকপু থাগৎলুবা ওমাদ

পান্থোইবী নাহেরোল পান্থোইবীবু মশানদি য়াদনা খাবদা মমা মপানা থাজরবদ থরাম্লুনা খোম্নদাজবা নে'পোক নিংথৌগী মুংশি য়াথলদা অনা লাইখুং থাদনা নাশিন্দা অতুদগী মদৈ-থংদা নোংপোক নিংথৌ কৌদুনা লাইশং হনবদগী অংবা লবক্কুনা অনিগী অপাম মুংশং পুংনখিবগী বানীনি

অদুগা অমন শিকুম লোন চায়বা পুয়া অসি তাইবং মী-ওইবনা শিন্নমদাইদা খম্নুং কিংকাই লৌওনবিনা অতাং নাওবা-শিংগী পলেম পখো শাদুনা, শাবী শানৌশিংগী চায়জরক চ মজরবী মগুং মমান্নবা শাদুনা তাইবং থরাযবু থেমদুনা। পুথোকখিবা তাইবং মীওইবশিংনা তাইবং মালেম থাদোক্লুনা থোদোক্লোক কংয়েক্তৌবী

অমসুং লৈরুং থোওজারেম শিদমা থমসুং নিংথৌগী ফাবথোক পায়রুইয়ে হায়না ইরি। অয়ান অহই মাওবরবস্ত ভাকপীবরুবদি মথংগী থুংনমদা চুমথোকচগে। লাইরিক অসি খাইনা পাবিরবদি নোমজন মবৈ মাওবে হায়না লৌজপনি ইভি।

অইবা :—
শ্রীমাওরেম অমুয়াইমা সিংহ
পণ্ডিত অচৌবা স্না কোলুং
ইম্ফাল, মণিপুর।

ককচিং
তাং ১০। ১২। ১৯৭৭ ইং



# পান্থোইবী নাহেরোল



হয়া হে ! হৌঙ্গিবু খোইমোম লাইরেম্মা তম্ফা য়াংঙম্লোন মৈতেংঙু চন্নু, মনুংয়াংলৌ তেরা লম্লাই ঙানবা চেক্কুম্বী, চেংলৈ পামংখোংবু লম্থানবী. তম্ফা হাউওংখোইগুম্বী, হাউওংকোম্বা-খোই লৈভাং চাওখোং নায়েৎখাই. শংলৌ নোংগারিগুম্বী তম্ফা নরা লীখঙদবী, নপল তাংশক্তা নচু মীথাদবী, তম্ফা চাকোক অথৈবী নপল লাইরেল তাওরোইনাই অসৈ য়াংবীরাই তুবী থি-ক্লোক লাইরেম্মবু লাইরেল চীংয়া ফৈথিংবনা য়েৎলম নাউপুকবী শয়েঙ মতানবোম শারেল য়েৎলমগী নাউনৌবী, তম্ফা থুমনাও হেশোন্দা, য়াংঙম য়েপ্লাও নাহেদবী, মপল মরালয়াইবু হুল্লানগে হায়বগীদমক হয়ু নাহেনোংগীবু নদাইরেম ইরাকমন। তম্ফা সনা নখোঙথাদা মানবী খুতপা মুকমু লৈতোন কোয়া হয়া লাওনা

শৈথিরক্কে। তম্ফা কোরৌ নপিতোলগুনো, য়াংঙম নমুং হৌবী-গুনো, তম্ফা নংনা খাবা নতিক নত্তবা য়াংবা নপা নত্তবদা য়াঙ্গোইরুভে য়াংঙম নংনা লম্লেন মদাইমা মুরা লোক্লেলকোল ঙাংজেং মস্বীলোক চাঙন চত্নমথোং য়াংদৈ হামেংচৌং তনবা মুক্তমথেল, খোইয়ুম লাইজিংশোয়দা লাইস্না খোইয়ুম লাইনা শাবী নোংজেং ঙাতালোং, ভুবী য়োইনোংদা নোংদা লাইরেল পাখংবা লৈমুং লোঞ্জা অরিববু খোনকৎলোং, পজেং চারল্লোং, চোম্লাং থোঙথিল্লোং, ফুমথী হামৎলোং, শংগাই তোন্নোলোং, কোংয়াং চেপাসিলোংবু খোনগৎকে হায়না তম্ফা নংনা থৌচৎ-লকপদা খোইয়ুম নশাবী মাল নোংপোক হুমওইবা অঙোবা লংমাইনিংথৌ কাইনৌ চৌংশোম্বা তাংখুল হুয়তোক পাখংববু লৈনা শানা সনা লুফৈথেৎ য়াকতং নাসিনা লেরুং খুত্তা শু য়াইরী খাঙথোম্না, কুরাও ফাল্লংপু থাঙলেন নমদা-থেৎ তেন্দোং নমদা হুম্না পামেল উয়ুংখাদা তম্ফা নংবু খাবা মরানয়ায় য়াংবা মশাইকোন্দগী নরান থৌচৎলকপবা হায়না কোংনা কোংনা য়েং-ঙাময়ে, কোংঙাপাৎ-ও থোম্নায়ে। লম্লেন মুরাপাৎ লমদুংশি কোংঙাপাৎ লম্মহন্দা তম্ফা নংগা খোইয়ুম নশাবী নোংপোক মালং হুমওইবগা লমওক্করে হায়দবরা। অঙোবা লংমাই নিংথৌ কাইনৌ চৌংশোম্বনা, "শানৌ তম্ফা য়াংঙম্লোন নংদি খাবা মরানয়ায় য়াংবা মশাইকোন্দা কৈদৌবা য়াঙ্গোইঙাম্বনো?" তম্ফা নংবু শেল্লোই হৈয়াই চৌংদত্নম পানমম্নরুসে হায়না পাওথেম্ববু তম্ফা মৈতেংঙু চমুনা— খোইয়ুম ইশাবী-ও। তম্ফা নশানৌ

শ্রীদি ইপা ইদ্বংঙো খোইয়ুম শিদবা চৌংঙু নামুংবা খোইয়ুম কাইদোংয়াম্বা চৌংঙু শালওন হকপগী কোম্লোই য়াথংহোংফদবগী য়াংগোইবনে। ইশাবী নোংপোক মালং হুমঙইবা নংদি, লাহ-ম্লোং ইপল খোইয়ুম নামুংবনা খাবা মহৈ-চা, য়াংবা মাশিং তমদরিবৈঙদদি কৈদোহৌবনো হায়না পাওথুম্লবু— 'কে তম্ফা ইবেম্ম। হায়গুনে, নপন খোইয়ুম নামুংবনা হেন্নাং মৌহৈ-চা তাওজিং মীশিং ওংলবস্তু শেম্লোই চৌং মাঙন্দদুম পানমিন্নরুসে হায়না পাওথেম্লবদা'— তম্ফা রাংঙম্লোম্না শাবী লংমাইনিংথৌ য়োক্তরেনবও! তৌইগুম নংদি খাবনা শোংগারা য়ংবনা তিন-জুমরাবু করি লৈবনে হায়না পাওহংববু শানৌ রাংঙম্লোন-ও খাবনা শোংগাঙরা য়াংবনা তিনজুমরাদি তম্ফ। নংগী তুঙ্গোল রাইরৌনুংদা তাংজ মীরুতোল অচংবা নারা মখুদোন অহিংববু হাপখি-ও। তম্ফা নংবু খাবনা মীহিংচানে য়াংবনা মীহিংনমনে হায়না হায়ঙমঙৈনে হায়না থোদিকখোনগী রাংঙম্লোন মৈতেংঙু চম্নুনা লৈচোন থানফম্লেনগী নারা অপিশকপু নমু চংনা রায়না তাংজ মীরুতোন অচঙবা নাওরা মীথুদোন অহিংববু তম্ফা মাগী তুঙ্গোল রাইরৌনুংদা হাপ্না খাবা মরানয়াইদা রায়থুংলুরে। খাবনা শোংগাংঙাময়ে, য়াংবনা তিনজুমঙাময়ে হায়দবরা।

তম্ফা মৈতেংঙু চম্নু নংনা খাবনা শোংগাংখোনগী কংলৈ পুঙমম্লোন মোংবা নোংহুমশঙ, মালেম লৈমম্লোন্দা তম্ফা মদো-ম্মনা 'অয়ু ইমা নামুংবী-ও খোইয়ুম নাদবা মউ লিংবী শিদবা

মপান থাবী থুনবী শল্লাইহনবী নমোম ৱাংঙম্লোন ঐবু নাইয়ে, হয়ু ইমুংশং মুংনাং ইনা লেকয়ে লিলৱাই শল্লম ইনগে তৌগুম্লক্লে।' 'মালং মথীনাই খমগোল মরাঙহৌববু লমওক্লুয়ে খাবনা নাম্নুনো য়াংবনা শিম্নুনো হায়বনরিবৈঙনে।' হে পলেম ইমা নামুংবী-ও নমোম ঐদি করম তৌশিবনো, তম্ফা ঐবু ইপল তুবী য়েক্লাবনা শাৎপী ইদু লাইরেল অরেম্বনা য়েনবী তুন্দী ঙাঙয়েকচনু তৌরা নোংদংলেংবী, তৌজেঙ ফাম্না হাইবী, ইদু মীথাদা ইপল ভাংশক্লবী ইপল তুবী অঙনবনা য়েনবী, ইদু লাইরেল অরেম্বনা চানবী; পোইরৈনা য়োইগা শক্করিবৈঙ য়োইগা শকপী, ৱাংঙম্না য়োইগা থাদরিবৈঙ তম্ফা ইদোম হান্নাথাবী; খোঙগা য়োমদরিবৈঙ খোঙগা য়োম্বী, লুগা খুমদরিবৈঙ লুগা খুম্বী ৱাংঙম ঐবু নাইয়ে। পলেম ইমা খোইমোম নামুংবী-ও! কোনফম লৈতকপী মানফম লৈয়েংবী নরা লীশীং অমনা মালেম লৈপাইবী, নতু লীশীং অমনা অৱাং কোরৌ নোফংবী; নমোম ঐবু খাব মচিন লেঙ য়াংবা মম্না-থংবু য়োন্দনা ৱায়থুংলে। হয়ু পলেম ইমা করম তৌশিবনো, তম্ফা ঐবু তোইবী ভংকাচনু পুইতিংঙা তংকানুবীনে তৌরা নোংদংলেংবী তৌজেং ফাম্না হাইনা চাক্লাবী, লেমপা শায়েং-কাইবু লৌমাতৈবী কক্লৌ মানবলথক্লা লাংগোই খুরুপ হৌববু তাংজ খোঙ্গুল নাইদবী, লিম্নু থাঙনপ্না লিল্লা খাওম্বী, তম্ফা অঙাওবা মাংহেন্না অশিংবা তুংকোম্বী অকনবা হকচাং ওইবী, ওইনম্বা খুক্লা শুবী পুন্সি ইৱাল্লৈবু থাদ থেৎপী তম্ফা ৱাংঙম্লোম্লে। পলেম ইমা নামুংবী-ও। নমোম ঐবু মম্নু হাম্বোইবা খোইঙাল

লাবা য়ুমজংবা করম্বনু লমওঙ্করবনো ? তন্দা ঐবু চুবা ঙৈচা য়েকয়ে খাং নোংজেংলাও নোংথি লাইমল হৌনা অনা ঐবু লাইথোইরকয়ে। ইরোক অসুপ্পা চৌংশাং নাপোম অরাংবা কাগুনয়ে। তুবী য়োইনোংদা নোংদা লাইরেল পাখংবগী লাকমা তানবদি হেম্বা চৌংশাং অরাংবা কাগুয়াক্লে। নমোম ঐস্ন কোরৌ নোংথৌ মাইবী চনবী লৈপাক থাতেম্বী কোরৌ নোংনা নারবস্তু লাইকনবী, মালেম লৈনা নারবস্তু লাইয়েংবী, য়ুহানা হাগে কাহন্দা য়ুচেংনা নিক্তে নিকহন্দা কোরৌ নোংখোঙ কায়গে কায়হন্দবী খুয়োন ফৈদিং লোবীনে। খাবী নংগী থিয়াথো অমাই ননাওয়োকপু কনা লৈবনো পাওকংলকয়ে।

পলেম মমা নামুংবীনা— হে ইমোম রাংঙময়ান ও! নপল ঐগা খাবী থিয়াথোবু লৈয়ে। হাওরৈ খানা পাংবা লমদা রাঙনবা, লাইজ ঈমৈ খৈবা ঈমু কংচৈ শুবা ঈঙৌ কংথোঙ লোনবা, রাংবারেল থান। চাওবা মমা রাঙনু খোংজোম ফাবী-চানা পোকপা, লাইজ মুঙথেনচামীলোদা কমকম্বা লেইম্ল ঙাথোঙথিংবা, নমু পোংথোঙলোনবা থরায় অপকমাবু থরৈ কুমকল্লোই লেম্লৈ তাহল্লোই হায়বগী লাইজ ঈথোঙশিন্না থৌখাম্বা খোইমোম মরুম্বী অনান খুম্বকচমু, মরৈপুঙ খুলেনচমু, লোইবী থাকুম চমু, মরেম থায়াইচমু খোইমোম লাইরেম্মবু লুম্নবা চৌংঙ পীশুমকনবা খোইয়ুম খোংকৈচাওবা, লেম্লৈ ঙারা ঙাথৌ-য়াঙ শারেং শমশাংবীচা, ঙারেন কোকপাকপীচানা য়াকানাবা লাইয়িংথৌ লৈনুং চোপতাঙা লেম্লৈ ঙা মুরাংনা মৈথাননবা

লাইখিংথৌ। হেমজেং চকপা ঈ, মরেম চাবং ঈ, পোংজাই ঈ নামুংববু তাম্না খনবা লাইখিংথৌ খোইয়ুম অহুবু নপল ঐগী খাবা ইনাওয়োক্লে। চৌংঙু মাবু থৌনেক্লে খোইয়ুম মাবু লাই-কনহনগে হায়না পাওমেনববু পলেম মচীনলেঙ চৌংঙু নম্নাথংবু নাতাবদি— হয়ু হে ইমা অনা ঐবু লাইথোইজিল্লকয়ে, তম্ফা ঐবু করম তৌশিবনো হায়না পাওনৌববু— হে ইমোম পেম্মা-ও খাবী ঐগী থিন্নাথৌবু লৈয়ে। হাওরৈ নোংচুপ পাংবা ফেনজি নোংঙমলম মালং মথোঙজিন খমগোল মরাকচিনবু তাম্না খনবা শঙ্কোঙ পুকমাই লেপ্পা কেগে লৈশাপুঙ মোইরাং কাসারেল খুয়োন ফকতোম ফম্বা, থাঙঙা তোনবল নিংথৌ মাইবী পান্থোই-তানবা তখেন লাকচৌংফম্বা, ময়াং শাকাঙ তোংবা পাঙন তম্পাক কোয়বা, কেগে শঙ্কোঙ মোরিবা চৌংলেন নাপোম অতেংবদা ফমফম্বা, থৌদু মুঙলাংথক্তা য়াঙনবা লীথিক কোনমাতৈবা, লীরেন কঙশি নিকপা য়াওরৌ শজিতেং শঙাই কোনস্থ শেম্বা, ঙানু খুমু কোনস্থ শাবা, খারম মোইছে ঙম্বা হুয়েন চৌংগাপাক ফাবা খোইয়ুম অহুবু নপল ঐগী অমাই ইনাওয়োক্লে। ইমোম তম্ফা য়াংঙম্লোন-ও। খোইয়ুম অহুবু লাইকনহনগে হায়রবদা তম্ফা য়াংঙম্লোম্না পাওখুমলকয়ে। পলেম ইমা নামুংবী-ও। নমোম ঐদি খাবা মচীনলেঙ য়াংবা ময়াথংবু য়োম্নিনা নোঙ্গাবরা খঙদে। হয়ু ইমা নমোম ঐবু অনৌবদুম লাইথোইচিল্লক্লে। খাবী থিয়াথৌ অমাই ননাওয়োকপু কনা লৈবনো হায়না পাওহংলবদা হোইদা ইমোম তম্ফা য়াংঙম্লোন-ও। নপল ঐগী

খাবী ইনাওয়োক অমদি অরাং লাইনা পাংবলম, কৌবা লৈমচা কৌনু লৈমচা, ককয়াই ফমথিবা শংলোঁ নাকমাবা তেকপী খাপুক তাংলৈচীং ঈয়া পনমকবু তাম্না খনবা, খোইয়ুম কৌবরেন অহনবা কৌবা ঈ-মরু চীংবল পনমরুদা রাতেম্বা, অকোং খাংমু-বাকপম নিংঙোনবী কৌবী লাঙলোই ঙম্বী হুয়েন লাকাবাফাবী, লম্লোইতাই মমা অখোঙ কায়নম্মুম্ যেনবা খানদোম্বা মহিশিন খয়াং নাওরেম পাম্বনা লাংগোই মোইশায়া অপানবা থোক্লরম, থোংনাং শারমপাক মযাং হাওবাংথেন চোনখু রাকমাদা নাম্বা খমথেং তুথিবা, মখুংবানবু তাম্না খনবা চীংলেন নাপোম অমদা নোংথৈ পোকপা, চীংলেন নাপোম অমদা লিক্লাং উজাওপোকপা ; চীংলেন থোন ওরেৎ থোল্লাংমৈদা রাতেম্বা লাইরিংথৌবু থৌনেক্কে। হে ইমোম ভম্ফা রা ঙম্লোন-ও! হায়না পাওমেনববু হয়ু ইমা অনৌবদুম লাইথোইজিল্লক্লে। নমোম ঐবু নোংথি লাইমনহৌ য়াঙলেন লুজাও খোয়ববু লৌমা তৈরকয়ে। পলেম ইমা নামুং-বী-ও! খাবী থিয়াথৌ অমাই ননাওয়োকপু কনা লৈবনো পাওহংববু— হে ইমোম রাংঙম্লোন-ও! নোংপোক লাইনা পাংবালম থাঙরাই মারনিংথৌ চীংঙু ওংজা চীংমাবা ওক্লেম্না য়াকানাবা, লাইরেম্না পোংবৈনবা, কবো ক্যাংঙম্বা থামুং ফাবা লৈপাক মাইবা হনবা রাতেম্বা, নিংথৌ মাইবাহনবা রাঙনবা চীংঙু মাবু থৌনেক্কে হায়রবদা রাংঙম্লোন পাম্থোইবীনা—

পলেম হে ইমা নমুংবী-ও! নমোম ঐবু খাবা মচীনলেঙ য়াংবা ময়াথংদগী খমদুং লাংওনগে শবা শনকেলগে তোঙ্গুমজিল্লক্লে।

নমোম ঐবু চুবা ঙৈচায়েক খ্বাং নোংজেংলা ওনা মালেম লৈশেমহৈ কোরৌ নোংহৌঙৈগী নোংথি লাইমন হোরে। হয়ু হে ইমা নায়ে। পলেম ইমা নামুংবী-ও! লাহন্নোং মালেম লৈরৈতা কোরৌ নোংলৈতরিঙৈ পলেম নংনা থম্মা লাকোই মরমদগী চুপলা মপান ওই, হাম্রা মউ ওইনা মালেম লৈশেম্লকহৈ কোরৌ নোংহৌরকঙৈদা, নমোম ঐনা ফেনচি নোংচুমলবদা থোরৈ তেংবাংনোং চেংজা ঙমলুনোংগীবু থোকাওরবরা। নমোম ঐবু চেংবুম মনাওতোন লাংবল অওল্লক, শেনবী কবো তাইপোং লৌথিবা য়ৈনা লুক থোংনাং মাইতেকপা মুম্না লুক্কুম্বু লুক্কেম পানগা চোম্না লনশিংবী-ও।

হে পলেম নামুংবী ও। নমোম ভক্ষা রাংঙম্নোন ঐমু তখেন ওম্বী গঙ্গাজোল মিংনাইবা ফাবী নমোম ঐবু শেদো শেদো ঙামহোই ঙামহোই য়াঙলা হোইশোল্লকয়ে। লিলরায় শল্লম ইনগে তৌগুম্লক্লে। পলেম নংদি নরা লীশিং অমনা মালেম লৈপাইবী, নতু লীশিং অমনা থরাং কোরৌ নোংফংবীনে, থাবী থিম্নাথো অমাই ননাওয়োকপু লৈতরবরা-হায়না ভক্ষা হেকঙাই মপাও রাংঙম মুংশি হিকহায়ননা পাওহংলবদা থোইমোম নামুংবী কোনফম লৈতকপী মানফম লৈয়েংবীনা পাওখুম্লকয়ে। হে ইমোম রাংঙম্নোন-ও! নপল ঐগী থাবী থিম্নাথো অমদি অঙৌবা লংমাইনিংথো কাইনো চৌংশোম্বা ঈরোক লাইজম তরেৎ চীংশাং নাপোম মাপনমকপু শুমাজনবা, কাইনো চীংশোম্বা

তাংখুল মোনথৈঙম্বা আকলা মিংনাইবা ফাবা, তোমান খাগোই শেংপা লৈচিল খোঙগাওনা খমগোল খুনেংনবা নোংপোক মালংজমওইবদি কোবো নোংমনা মালেম চিথেক মরি মাইগৈ নিপান শুংদাই তরাতরুক শিঙগায় হুন্ফু মাথোইমকপু তরেংলক কোয়ববু অরা হুইবাং শোন্দবা, শেল্লোই মম্ন। শেমই মম্বীরোব লংমাই লৈনা শাযে লৈশারোক, শেল্লোই হাম্না শায়ে লংমাই খুংলামখাম কজেং য়োংপী হুইথাচৌং নোংখন চৌংমদোম যাৱানা পুবাচৌং, কোনথাংনা তাওবাচৌং লোক্তু খোমংনা লোক্লেম লাইরেম্বা শাম্বা থাঙথোংনা তাওবা চৌং, যাওবাচানা স্বেকচৌং অথোম লৈকম কুযবাচৌং, ভানথা লৈকম তাওবাচৌং শাওবা খাইপু ৬চৌ, কাচিক কাপাকচৌং, উল্লি ৱাউরিচৌং, শেম্লোই চুও চুবা চৌং, লংমাই শাও শাবাচৌং মান্নু ওঙবা চৌং মযো ওঙবা চৌং শেল্লোই চৌংয়াচাও চাখা নোংশিংবীনা নোংশিং চৌং খারা ঈথেম্বীনা ঈথেমখোং মমা তমপাক লৈহৌনুজা লংমাই পাজবং লৌথিবা শীংজং মখূংশুনা খোদু নুঙখাযচৌং, শেল্লোই পোইরংথেল লংমাই কাপুংচৌং, শেল্লোই তাকুপচৌং লংমাই তরংচৌং, মাঙন তরংরাংবাচৌং শেল্লোই নিক্কবরা নিক্কাচৌং লংমাই হাগবরা হাদবাচৌং, শেল্লোই সনা হৈয়াইচৌংবু তাম্না খনবা লাইয়িংথো লংমাই নিংথো কাইনৌ চৌংশোম্বু নপল ঐগী খাবী থিয়াথো অমাই ইনাওয়োক্লে। ইমোম তম্ফা ৱাংঙম্নোন-ও। নপল ঐনা খোইয়ুম মাবু থোনেক্কে হায়না পাওমেল্লবদা তম্ফা ৱাংঙম্নোন পান্থোইবী খঙানবা হেম্নোই চংবীনা পাওখুমলকয়ে—

হে পলেম নামুংবী-ও খাবী নংগী থিয়াথৌসিবু কোরৌ নোংথোঙ কোয় মালেম লৈখোঙ কোয়বা ঙম্মী হায়রবদি মন্ন লাইরিক-থি খোইঙাল লাবা য়ুমজঙববু লাইথৈ ঙমগবরা খঙদে চীংঙু মাবু থৌনেক-ও। পলেম ইমা নামুংবী-ও। হাওবা মেন্দাংখোই মেন্দে মেল্লাংখোই, মরম লান্দাখোই খৎচরাং ফানাখোই হুয়েন চারাইঙাং ফানাখোই, রাইশেং ফাম্না হিক কম্বী মৈগাখু খোইজু তোপ্লোঙ হিক্লা ঙাইখম-ও হায়খিবে। খোইয়ুম লাই-য়িংথৌ নোংপোক হুমওইববু পাওকৌরুরবদা অঙোবা কোরৌ খোংজোম্বদি মালং ফেনচিওই খমগোল নোংলৈ ওইনা তম্ফা রাংঙম্লোন পাম্বোইবীগী শারেল য়েৎলম ফম্না লাইয়েংলরে হায়দবরা। রাংঙম্লোন পাম্বোবীনা—হে পলেম ইমা নামুংবী ও। নমোম ঐদি চুবা কৈচা য়েক্তরে, খ্বাঙ নোংজেং নাদবে অমাই ননাওয়োকসিদি অনা লাইকল কৈয়ে; নোংথি ঐবু লাইমন হোববু চৈরেপ্লে। পলেম পীশোল্লরোই, পম্বৌ পাশোল্লরোইয়ে; তম্ফা অরাংবী ঐদি মৈতেংঙু সেনবী মুংয়াম্বা অক্লা খুনঙমখোংবু নাতৈননা হুয়েন লাম্নিগীদি হয়িংবা হয়িংবী ফানাখোংবু ঙম্লো-ম্রনা ইদ্রু ঙাংঙোই য়োইমোংবা খোইচীঙ হৈতম হৈববু নাতৈম্না ইপাম হৈচনাম মাঙদা ইদোম পানফবীনে। হাওরৈ খানা পাংবালম মালেম তম্পাক লৈনা রাৎপা লমদা পোইরৈনা নাদরিংঙৈ লাবা তম্বী, রাংঙম্না শিদরিংঙৈ শিবা তম্বী; নমোম ঐদি বেরে শারে লান লাকচীঙ ফিকোলান নাওবা খোইমোম লান হাওবাসি ফেল্লাংচীঙ মকোই নোংলোলচীঙ উপী উরেনপোক

থাঙতুপ লেংকাংপোক্তা তম্ফা নাহে তম্বীনে। ইদু খম্লাংবা ভুল্লা উয়োক্কোল উরিপোক খোংশাযান লম্বাল খোইরোংপান লৈমোন চাংকাইপানবু তাম্না খনবা লাইয়িংথৌবু নাতৈননা তম্ফা নাহে তম্বীনে। লোইবেল মুন্না লোক্লেনকোল ভাংজেং মম্বীরোক অমম লৈশারোক চাঙান চাতুমথোং খোইযুম লাইপুন্সি রাংদৈ কামেঙ চৌঙ ভনবা মুক্কমথেন্দা রাংঙম নাহে তম্বীনে য়াইথোঙ চৌঙলাংমৈ লালম্নু চৌঙনামুংদা তম্ফা নাহে তম্বীনে।

রাংঙম ঐদি খম্নুং পুঙমাঙন্দি য়োরুদে য়াইথোঙ মকী-থেন্দুনা খম্নু পুঙচি অমদি মোরি শিন্থৈচৌঙনে রাংঙম নতুং ন তম্ফ নমৈ রায়না য়োকরোই খম্নুং পুঙচি অমদি খুনু মিৎ-তাতাম্না লুরুকচৌঙ রাবাফেরে লাওবা ককমাঙচৌঙনে তম্ফা ঐদি য়োরুরোই খোইয়া লিভংপাক্তি নেৎলুরোই খম্নুং পুঙচি অমদি পুঙকু নোংফাইচৌংনে রাংঙম ঐদি যোকরোই খম্নুং পুঙচি অমদি থৌতু অরোন মুঙনে নেৎলুরোই খম্নুং পুঙচি অমদি তোঙদোই চাংমুংশিনে তম্ফা ঐদি যোকরোই খম্নুং পুঙচি অমদি অশিৎ অরানফম্নে রাংঙম ঐদি য়োরুরোই খম্নুং পুঙচি অমদি চেংচা লাল্লুমফমনে।

তম্ফা নমৈ রায় রাংঙম নতুংইম্না নদাইরেম ঐস্নু উর-রোই খম্নুং পুচি অমদি কোঙ্গোক্ত ঈনমথিনে ভাকুরোই পুঙ-লোন মঘাইরেন লৈমুং থাংহনবাপুঙ লাইকোক চাদি পুঙদোয়ফম্নে

কংলৈ পুঙমযোন্দা পোইরৈ অশৈবা রাংঙম তেরান লৈতবনা রাংলেন চয়োম থোকপদা তেকপী শুম্লেন পনখাগী শেংথোঙ নারিল ওক রাংথৈ ফৈদারেংবা ময়েনখঙ রাইরোপাম্বা পুক-চৎয়েন তেকপী মহাওগা ফাবা মরেম খুনঙমওক কাপুং মিংলাইবা ফানাওক মোইবাং থোইয়া নামোইশল খোখরা মাইরেল রাইচাবা রাংলেল চয়োম থোক্লবদি খমনুং মরা' কাযকুয় য়োইবা ফানাম্বা য়েনপা'ৎয়েন চাখা খোংনাং নাওতুবা পম্লো পাসা য়েগ্না তরা চয়োম থোক্লবদি থমনুং ইকাইকুইয়ে শরা সুংশিকই লায়য়ে।

সুরা সুংশিবীবু পাখ' নি'খিবনা পাওমেনখিয়ে। য়োই-বুনাই সু'শি ইনেম্মচা হয়েং নমান মচা ঐনা শজিক মতু'ইন থবা তুগুম বারোনখিরবদা মোম্মু ইনেম্মচা নংবু হয়েং থোঙভাক অশিথেন অমন শিগুম লম য়াইথোঙ শিরয়েন খমু' য়াংলো লম্মখাঙদা সুরা নংবু ভাইনসে হৈরাং শোকম্বা তাওজিং হৈওম্মোক নাওরা পিরিল হৈ হৈরাংমচেৎ পাংমা চাবদা পলেম পম্লো কাউনব হৈনে তাওজিং মচেৎপাংমা চাবদা মপারি মমোম হুল্লানহৈ তাল্লোই ভুকাউহৈ থংলেন রাকাউহৈনে চানাগুমুসে। হে পেম্মা নংবু খমু'ং খাংহনবা, পুঙময়োন্দা য়োন্দনা লমওক্লসে হায়না পাওমেমবা পুঙনে তম্ফ ঐদি য়োরুরোই। খমু'ং পুঙচি অমদি লিক্লাং উজাও পোকয়ে খমু'ং পুঙচি অমদি কাইরৈ য়েল্লুফোনে পুঙলেন ময়াইরেম্লি লাইরেল অঙোবনা য়াহিপফম্মে তম্ফা ঐদি য়োরুরোই।

সনা ভাশেল পান্থ্রদি নেৎলুরোইয়ে। হে পলেম ইমা নামুংবী-ও ! মালং মরাঙহৌবা খমগোল মথি নাইবা কনানা লমওক্লুরগবনো নমোম ঐদি নোংথো মাইবীহনবী রাচুম্বী মঙপোৎ চাদংম্বাম্বীনে চ্যুয়েন মুঙকারেংববু লাল্লু খোঙদা নেৎনা কানারঙৈনে কানা চেংবদি তপ্লবকয়ে খমগোল নোংলৈহৌবা য়োইমম্বাই তাও-দনববু মৈবী শম্লাংওইনা তম্ফা অরাংবী নমৈরায়না নদাইরেম ঐদি কোয়খৎলক্কে লাবা নোংলৈফমদি তানখৎলক্কে পেরে সারেলান লাকচম ফিফোলানবু ইনখৎলক্কে। কয়া-হে ইরাক-মদি থৈয়ে পীমরক্কী খানিং মিংকোখৎলকয়ে। তম্ফা রাংঙয়োন ও ! মালেম তেংপাক খারোম্নুংগী ইনখৎলক্কে। খুরোই লোইরেল চাবীলোকপু কান্না চোংনা খোইয়ুম চীংদা কারবদি চীংনামুং তমদা তারবদি তমনামুং লোদা লৈরবদি লোরাংচায়ে। ডিং-লাওবী লৌকুম্বা ঙাং-লাওবা লৌকোলম তাংখুল উয়ুংপোক হেম্বা শাইরোঙলো মংবম য়াইথোমলোদা খোইয়ুম লাইয়িংথো নোংপোক মালং হুমওইবগী তম্ফা মৈতেংঙুচমু নংগী মালং-ফেনচিওই খমগোল নোংলৈ ওইনা শেল্লোই সনা হৈয়াইচীংদা লমওক্লুরে হায়দবরা। খোইয়ুম লেবা শাফুলম ঙাঙঙারা তৌশুবা খানিং লোঙ্গা পুঙদোইববু নাতাদবা তম্ফা ঐদি লাংজাও খুত্তাশুনা কা তাওজিং হৈনে কা খোথঙ্কবদি খোই-নিঙলোক্কে হৈরাং মমিৎ পাত্তবা তাওজিং মরোং শামদবা চীংনে। তম্ফা ঐদি ইমাঙ মীচৎনরক্কে ইতুং লাংবল খোইয়া মীয়ো-ম্বরক্কে। নদাইরেম ঐস্থ বাংঙম নতুংইনখৎলক্কে। লাই পাখংনা

হুল্লবদি লাইমুশানা ওক্লৌচাং ঈথিং পল্লিংকোনবা চমুগ চাংখম চাওপোক চমুগা ঙাইনোকচাংনে ভম্বা নমৈগ্নায়না রাংঙম নতুং ইনখৎলক্কে। হে তম্ফা বাংঙম্লোন ঙ। নামালমচা থাবা শোকচোনবা তরঙ থোইমুচাদা খোইমোম লাইওই ফবীদি তম্ফা নংনে। মৈ:তংঙ্ হৈতমসু পুন্সিবা থেমথা যোইথানশং মৈতেংঙ্ লোইমম্বা মুঙপাকথা, লাইনল লোইঙোবা মুঙ-শাংথা যোইরেল খোঙ্গ শাশারি অাহেপা নামুং অচনবা শোম্নশং পানবা নুতুশং কৈরেল নুকেনশং লাবাই চেংপক্লা তারা চাওইশং পুন্নুংচেগাইপারা। রাস্থা শং মুমদিংলানা যুমকুপ শঙ মুন্নাং লানা শাইদাশং কাওরেল তলবা মচা কোন্দিং তাওবা কোঙনাশং অদোন মোইবুংলাকপা থোঙবু চাকাই-ঙম্বু যুমজিন চাগা নারেং খোংনাশং কেগে সোইরাং অরেবা কাপাসু শলথিনববু ফানাশংদা নামালমচা য়োইরেল শল্লাই তরেৎমদা রাংনবা লুবাং খোঙঙাপোক চংঙাপল থিক্লেমকাইবা শরু নোংগারম তাওজিং হৈবোংপোক অমু খুবাংবনা হৈশঙরায় নোজেংচামায়ইবনা কানালম লাংগোই মোইশায়া অপানবা থোক্লরমবু নাতৈননা— হে তম্ফা রাংঙম্লোন-ও! শেম্লোইচাং-মাঙন লংমাইচাংমদোম য়ারানা পুবাচাং কোনখাংনা তাওবাচাংদা মদোম পানকবা লাইয়িংথৌনা শিদবা মপানথা নাদবা মউ-লিংবা অঙোবা লংমাইনিংথৌ কাইনৌ। চাংশোম্বগা তম্ফা রাংঙম্লোন নংগা নহু যুমদা রাতেমফবী তম্ফা মৈতেংঙ্ চমু-ও! নদাইরেম ঐথোয়দি তম্ফা নমৈরায় রাংঙম নতুংইম্না ইশং লমশং

অমনবারক্কী লফুৎ কৈফুৎবক্কী তম্ফা নতুং ইনখৎলকে। হে তম্ফা রাংঙম্নোনা-গ! য়োইবু নংগী শৈগনববু শকঙমদে হায়না বাওইবীগুনো তম্ফা মার খোঙ্গুলগী কপী য়াংবী খুভম য়াম্বী খোইয়ুম কাইদোংগকপনিগীনা নদাইরেম ইরাকমন মার খোঙ্গুল লৌববু লৌঙমদে হায়না চৌংডু নংনা অথিথিবীগুনো রাংঙম নংনা অ'াই লা বীগুনে, কাওরেল শলথোব, মিৎয়েংনবীগুনো নমু পোংধাবা মিৎয়েংনা খলহেনবীগুনো তয়ম ইরাকমাদ থরৈ কুহুদে লেৈমৈ তারুদে খগ্নুং লোঙচুম্নরুদে ইমাই নোংনেম লাইনা পাংবালম পুন্সি ইরাক্লৈ অরাং শরুলুহুংলৈ হোংনেম লৈপুন্সি চারোল মঙা লোনশিল্লৈ শুংগাল তরুক তানফংলৈ হলবা শিনৌকুংপাল নোইন্নু হুমচঙলৈ হবেল পিথ্রাইবী শানথুৎশা খোংদ্রাইবী ভুরোলিং শম্নাং ভুানংথো খিংখিং ন রাই-বাংবু ইরাকমনা তরেৎ লিঙুমবিববু তরেৎ শেনখাগলী নোইন্নু থুমখাও লিঙুম্ববু মরীংপ্রাচিংনা হয়া লাওনা লিজিল্লমগে হেয়া হে হে কায়া হংও।

# পাম্হৌইবী নাহেরোল

( হৌজিক্কী চৎনরিবা অনৌবা লোন্দা হন্দোকচবা )

ইপা ইমা ওইবী লাই মুপী পুম্নমক্কী অহেনবী অচৌ অশাং কোন্দা পোকপী. মৈ নিংথৌগী মচা ইবেম্মা. হে তম্ফা পাম্হৌইবী। নংনা চৎপদা অপনবা লৈতবী, হৌরকফম খঙ-দবী. হে তম্ফা। নপা নমাবু কিদবী. নবুং নপ্বানা হায়বা ইন্দবী, তম্ফা নংবু পোকপদগী মথা তানা পোক্করবী। নপা ইবুংঙো লাইরেল তাওরোইনাই মচা মনাইগা লোয়ননা তাও-ড়ুনা লৈবনা তম্ফা নংবু তৌবাঙম্বীনি হায়না শৈথানবা। নমা ইবেম্মা থিঙ্গোক লাইরেম্মবু চাংগুম্বা নপানা কৈনা থিংড়ুনা থম্বদা তম্ফা নংবু নতোমতা পোকচবীনি। তম্ফা য়েন্নাওগুম্না অনাবা খংদবী না-হেদবী নংনা নপল পম্হৌগী য়ুমদা চৎকে হায়বগীদমক নংনা নাশিন্নড়ুনা নাহেবগী মরমবু ননাই ঈশৈ শকপনা খুৎলোম্নড়ুনা ৱাহৈ নোম্না তম্ফা নখোঙথাদা খুরুমজড়ুনা হয়া হায়না শৈহোজরকে। তম্ফা নংগী নতিক নগুণ শৈথাজবদা অপনবা পিবীগনু।

হে তম্ফা! নংনা নতিক নপা চাদবা খাবগী মযুমদা লৈকৈ. অচৌবা কোন্দা পোকপী নংনা মুরা নিংথৌগী লোক্রা কোনবা অঙানবনা মমথরকপদা মস্থা মস্থীলোক্তা. হামেঙ ভস্থাচৌং নিপা মযাম্না মুক্রা তম্নবা মকম লাইজিং শোয়দা নোংদা লাই-বল পাখংবগী মহারাণী লাইস্নানা খোনবা লোংঙুম্বা রাগী পযানা শাবা চেপসি লোংবু পাযদুনা ভা ফাগে হায়দুনা লাকপদা লাইওইবা নশাবী অঙৌবা নোংপোক্রা লৈবা মুংশিস্তা যুমওইবা লংমাই নিংথৌ কাইনৌ চৌংশোম্নবা তাংখুল মচৌ শারগা মনমদা তেম্দোং পোরগা পামেল উযুংখাদা তম্ফং নংবু খাবা মযুমদগী চৎ-থোক্লকপরা হায়না কোংনা কোংনা (হম্না হম্ন) য়েংলমই হায়বগী কোংঙাপাৎ কৌই। মশানৌ পান্থোইবীবু মুনা মুনা য়েংলমই মুরাপাৎ কৌই। অসিগুম্বা অথোইবা লম মুরাপাৎ, কোংঙাপাৎ কৌবা মফমদা তম্ফা নংগা নশাবী নোংপোক নিংথৌগা থেংনরে হাযদবরা। অঙৌবা নোংপোক নিংথৌনা হায়রকই। ইশানৌ পান্থোইবী নংদি খাবা মযুমদা কবিগীদমক লৈবম্বনো? শানৌ ইবেম্মা নংবু শেল্লোই চৌংদদুম পানমীম্নরুসি হায়না থেম্লকই।

মৈ নিংথৌগী মচানুপী পান্থোইবীনা— হে লাইওইবা ইশাবী নোংপোকও! তম্ফা ইশানৌ ঐদি ইপা ইবুংঙোগী য়াথংবু ইন্দবা যাদবদগী খাবা মযুমদা লৈবনি। ইশাবী নোংপোক নংদি পন্থৌ খোইযুম শিদবনা খাবগী হৈরাং চাদ্রিঙৈদদি করি তৌদুনা লৈহোবনো? হে শানৌ ইবেম্মা! রা অদু হায়গম্ব— নপল

পঙ্খোনা খাবগী হৈনচিংবা কয়া চাকথবম্থ শেল্লোই চাংদত্নম লেমিন্নকরসি হায়না থেমজরকই। পাওথেনখোন্নু ত'ৎদ মশাবী লংমাই নিংথোদা খাবন। কিগদবা করি কারি লৈবনো হংজবগু — শানৌ ইবৈংম খাবন। কিগদবদি ওখা নংগী তুঙ্গোল মন্নুংদা মী মকোক অঙাংগী খুদোম্নাচংবা হাপখো অদু ওইরবদি খাবনা ভম্ফা নংবু াহ চাবীান হাবনবগনি। অমুম্না থোদাব॥ মতুং ইন্না রাংঙমলোন পাঙ্খোইবীনা লৈচোন থানফমলেনদগা মী মকোক অঙাংগী খুদম্নাচ বা থৎতুনা তুঙ্গানমুংদা হাপ্লগা খাব॥ খুমদ থুংলরে। মাৎ ভবদা খাব, পুম্নমক্তা দি তুকচনরমই হায়দবব,

মৈ নিংথোগা মচাপুগা ওখা নংন, খাবনা হঙ্গাইনব তাবদগা কংলৈ পুমনাগা মোবা নোংশমশঙদা হনা নাদন নাশিন্নরে হায়রগা পলেম নম, ইবেম্মা নাদবা মঙ লিংব শিদবা মপান থাবা খুনবী শল্লাইহনবীবু কোৎহুনা নাহেংর হা ইমা ইবেম্মা শল্লাই খেনবী ও নচা ঐবু নারে। অনা লোং পোৎ ফাবনা নিংথম্বগা নিকপনা শগদবঙ্গুম তৌরক্রে। এদি খাবা কাংলুপ্পদি শিসনু নাসপ্ন হান্ননরে। হে হমা ইবেম্ব নচা ঐবু করি তোশিবনো। ঐদি মগুণ চাওবা ইপানা পোকপ লেমজবা ইবুংশিংনা লোইনরকপা লৈপাক্না হৈতিক ইগুণ থাদ রিঙৈ তম্ফা ঐনা ইতোমতা হাম্না থাবী রাংঙম লৈপাক্ন সেবা তোদবিঙৈদা ইতোমতা তৌজবী এবু নারে। ইম ইবেম্মা খোইমোম নামুংবী লাইগা মকোক ওইবী নরা লীান

য়াংবয়েন খানা চাওবা মমা য়াওম্বু খোংজোমকাবীচানা পোকপা, ঈশিংদা লৈবা মুংগী থেন্দা ফমদুনা ভাগী থোগথিংবা, মীগী থয়ায়বু চৎখিদনবা থোঙলোনবা, তালোই তুখন য়াম্না চাংঙু মহাকপু কৌদুনা লাইকননেগে। মমাগী য়াকৈ ভাবদা— হা ইমা ইবেম্মা নয়াথংবু তাবদি অয়ো হে ইমা ঐবু অনাবা হেঞ্জিল্লক্রে, তন্ফা ঐবু করম ভোগদবনো হায়না পুক্নিং শোক্লকই।

হে ইমোম ইবেম্মা-ও। অসিনম্ভ লোইবা নন্দে। ঐগী মাইবী নোংচুপ মায়গৈদা লৈববু লৈয়ে। চাংঙু মহাক্তি মুং-শিৎ লাকফম মায়গৈদা শঙ্কোংদা লৈদুনা কেগে মোইরাং খুয়োম্নচিংবা ভাক্কুনা লৈবি। ইবেম্মা অরাংবা কোন্দা পোকপা লাই অদুবু অনাবাস য়েংহনসি। তন্ফা রাংঙয়োম্না ইমা ইবেম্ম, নচা ঐদি খাবা য়াংবগী রাহৈদগী শোইদনা শিরগত্রা থঙদে। অয়ো ইমা নচা ঐবু থোইনা থোইনা অনাবা হেনজল্লিক্রে অমাইবা অমাইবীবু কনা লৈবনো?

হোইদা হে ইমোম! নমা ঐগী অমাইবা অমাইবী অমদি অরাং মায়গৈদা লৈবা কোবা কোম্বগী মচা খোইয়ুম কৌবরু অহনবা চাংগী নাপোম অমদা নোংথৈ হৌবা নাপোম অমদনা উজাও হৌবা চাংগী মথোল তয়েৎ শেম্বা ফম্বান্দা য়ায়েনবা লাইনিং-থৌবু লাইয়েংনবা নেকলুগে।

অয়ো ইমা অনাবদুম থোইনা থোইনা হেঞ্জিল্লক্রে। নচা ঐবু লাইমম্না তাখৎলক্কুনা ইশাসি পূমথিৎ থিৎলে খ্বাং য়াংলেন নাবনা ভেক্কদৌরক্রে। ইমা নংগী মাইবা মাইবীবু কনা লৈরিবনো?

হে ইমোম। নোংপোক মাথইগদা থাঙরাইগী নিংথৌ ওইবা ওক্রেন লাইমীনচিংবা পৈবা কাবো ক্যাং ঙমদুনা থামুংফাবা লেপাক নিংথৌগী মাইবা ওইবা মাবু কৌরুগে। পাম্বোইবীনা— ইমা নচা ঐবু থাবগী মীচেখোন ময়াথংনা শিগদবগুম চৌরক্লে। নমোম ঐদি কেংক চিকই, খ্বাং নাই কোয়ৌ মালেম শেমবৈগী অবাবস্য ফুদোরক্লে অয়া হে ইমা নায়ে। ইমা নামুংবী মমাংথক্তা কোয়ৌ মালেম লৈংবিহৈ ; ইমা নংনা ঙমা লাকোই মকমদগী কোয়ৌ মালেম শেমহৈদা নচা ঐনা ংবাংববু কাওবববা? নচা ঐবু চেং পুবগা চেং শিংবগুম না চৌখিবা থবক্তা মতুংইম লনশিংবী ও। হে ইমা নচা ম ভগেন ঙস্বা গঙ্গাজান মমিংচৎপবু ফাবীনে। নচা ঐবু কেবনা থোৱায় লানগদবগুম চৌরক্লে থনাইবা অমাইবীবু না লৈরিবগে।

খোইমোম নামুংবীনা— হে ইমোম ংমা ঐগী মাইবা অমদি থাবা লংমাইনিংথৌ নোংমাইজিং চাদা পানবা কাইনৌ চৌংশো- মা তোমান কৌনা শেৎতুনা লৈচিন্দা খোঙনা কাওতুনা মু শিত্তা থাঙনা নেৎতুনা নোংমগী মুমিত্তা পৃথিবীবু তরেৎলক কোয়বদা থবাবা লৈবীদবা, মুমিৎনা কান্না থোকপা লম নোংগা পক্লনা লেবা মুংশিৎ মরাং কায়না শিৎপা য়ুহারাবদা হাদবা চৌংদা পানবা মাইনিংথৌ কাইনৌ চৌংশোম্বু নমা ঐগী অমাইবীনি।

ইমোম তম্ফা ৱাংঙম্লোন-ও। নমা ঐনা খোইযুম মাবু কৌহল্লুগে। তম্ফা ৱাংঙম্লোন পাম্বোইবীনা খুম্নকই — হে পালেম ইমা নামুংবী ও নংগী অমাইবা ননাওযোক কোবৌ মালেমবু কোম্নবা ঙমই হায়ব্রবদি অনাবা লাইওং খংদুনা ফংনবা ঙম-গববা খঙদে, চীংদ্ৰ মাবু কৌহনবীরু ও। হা ইমা নামুংবী-ও ৱাই অশেংববু মৈ থাবীরগা কম্বীদা খোইজুলৈখাম মৈ থাদুনা অঙৌবা লংমাইনিংথোবু ঙাইবী-ও হায়জখিযে।

খোইযুম লাইনিংথো নোংপোক মাল্লং চুমওইববু কোকববদা নোংপোক মালং চুমওইবদি নোংলৈ ম্নংশিৎকুম্না শুনা যাংনা লাকুনা তম্ফা ৱাংঙম্লোন পাম্বোইবীগী য়েৎলোংমদা। ফম্না লাই-য়েংলরে। পাম্বোইবীনা— মমা নামুংবীদা হাযরকই। হে পলেম ইমা নমোম ঐবু কোকচিকপা খ্বাং নাববু নাদরে নংগী অমাইবা অসিদি অনাবা লাইযেংবা হৈযে। ঐগী লাইমন হোৎসু ফরে। পাম্বোইবী ঐদি মৈতেংঙ্ শেনবী মুংয়াম্বনা অক্লা ঙমখিবা খোংবু হেন্দোক্লগা ইপাম হৈচানম মাঙদা ইতোমতা পানবীনে। খা-পাংবা মাযগৈদা পোইরৈনা নাদরিঙৈ নাবা তম্বী, ৱাংঙম্বা শিদবিঙৈ শিবা তম্বীনে ইবুং খম্লাংবগা উয়োকফম উরিপোক হেন্দোক্লগা তম্ফ। নাহে তম্বীনে। খমনুং লম্বীদি তম্ফা ঐদি য়োকরোই। কংলৈ পুঙময়োনগী মৈতৈ ঈশৈ শক-পশিংনা তেংথাবা, খমনুংগী থোংঙাক অশিথেন অমন শিকুমলম মুৱা পাখং ঙাইনবা লম, হৈরাং ঙম্বোকপা নাৱা পিরিলহৈবু

হৈরাং মচেৎ অমা চাবদা পলেম পম্বৌ কাউনবা হৈ, মপারি মমোম হুন্দোকলম্বা হৈ, তালোই মতু কাউবা হৈ, থংলেন মরা কাউথোকপা হৈবু চানগুনুসে হায়বা খমনুংগী পুঙহুদা তম্ফা এঁদি য়োরুদে।

হয়া হে লাইনিক ইবা এঁদি তম্ফা নংনা খমনুংগী লম্বী যোরুদবগুম্না নহাক্কী নতুং ইনজদ্রুনা থমলে কুমগদবদগী মিকোৎথৎলক্কে। হে তম্ফা। লৈকনা মফম খুদিংদা হৈনবী নংনা ঙাংখ্রল উযুংপোক হেম্বা শাইবাঙ লৌ মবেম য়াইথোম লৌদা নশাপা খোইযুম লাইয়িংথৌ নোংপোক মালং তুমওইবগা তম্ফা মহৈ নিংথৌগী মচানুপী নংগা নোংলৈ মুংশি ওইদুনা শেল্লোই হৈয়াই চৌংদা উনবে হাপদবরা।

হে তম্ফা রাংঙম্লোন-ও। অরাংবা নোংমা জিং মুংশিৎনা মরাং কায়না শিৎপা মফমদ মতোমতা পানব। লাইনিংথৌনা শিদবা মপান থাবা নাদবা মউ লিংবা অঙৌবা লংমাইনিংথৌ কাইনৌ চৌংশাম্বগা তম্ফা রাংঙম্লোন নংগা পুম্না পামদুনা রায়েনফবী তম্ফা মৈতেংঙ, চনু-ঙ। নদাইরেম এথোয়দি তম্ফা নতুং ইনথৎলক্কে। হে তম্ফা রাংঙম্লোন-ও! য়োইবু নংগী নত্তিক নগুণ যাম্ববু শকপা ঙমদে হায়না রারোবীগুনো। তম্ফা নংদি চৎফম লম্বী য়াম্বী লৈফম য়াম্বনিগীনা নদাইরেম লাইনিক ইবনা খোঙ্গুল লিববু লিঙমদে হায়না চৌংঙু নংনা তাখিবীগুনো।

রাংঙম নংনা কাওরেল শলদা, নমু ভাইবংদা ফত্তবা মিৎ-য়েংনবীগনো। লাইরিক ইবা ঐদি থরৈ-লেমৈ হায়বা অশিবগী চৎনফমদা চৎলুদে। ইমাই অরাং পাংনা ওন্দুনা নোংবান হোংনেম পুন্সিবনা চারোল মঙা শুরোন তরুক তানফংবগুম ইবেন পিথ্রাইবী শমখুংশা খোংদ্রাইবী তুরৌনিং শম্লাং ভুনিংথো খিংখিং নরাইরাংবু লাইরিক ইবা ঐনা শেলগী খাও মরি শুপ্না চিংশিনবগুম হায়া লাউনা লিজিল্লমগে হৈয়া হে হে হায়া।

---

লোইরবা

# অমন শিকুম লোন

——: ❋ :——

হয়ি লাইবু ইখুৎ তরামক্লা খুকুম্না ইজরক্কে। থোংঙারেল ইমাগী ৱারম্বু হায়রক্কে। নদাইরেম্বু কুরুমশিং না তাকপিও। ৱারৌবীগনো। ইন্‌দুংঙোনা হায়য়ে, তাইবংগী মপু অতিংঙাবু শিদবনা তাইবংপানগী মীওইবা সেমদৈঙেদা লাইজ ঈপাক থক্তা লেপলদনবু লাইজ ঈপাকন্নুংদবু কুরুমগী মমি লৈরিববু য়েংঙদনা অদুগী মওং লৌ শক্তম তানা ৱানবু শাকৎ সেমকৎলবা মীনে। তাইবং মীগীবু কুরুম্না পিথিবা পুন্সিদি চহি চামা (১০০) বু পীনৈয়ে। অসুম্না পীনরববু মানা মানা তৌজবনা ফংয়ে। লাংফমনা য়াম্বনে চহি লমদাং যোদনা মানা মানা তৌজবা মকৈনা দষা ওইজৈয়ে। মহাদা তেকলকয়ে খংও।

সুমিৎনদী মৈ ওইরকয়ে, কান্নদী খাং ওই, চহিনা শিংবু ওই; থানা থাও ওইদুনা খাং অদুবু থাঙ্গৎলে। মীগী পুন্সি ককলকয়ে।

শিংলী চাম ( ১০০ ) নে অদুবু লাংবুম ওইনা পুন্সিনগে হায়রক্লে ; পুনসিনখিরে। লাংবুম ওইরে। মিচুন চাম (১০০) মকপু লোইনা ফুকখৎতনা রাবা ফেরে লাউবা ফমমাং চী, খুনু মীশা তাম্বা লুরুক চীংদা পুখিগে হায়শিল্লকয়ে। কুকমদি চৎলগে হানদি সনা লিকলুবু তৎলে, লিকলাং চোইন, তারে। লৈমবেন খুনকুমলে। কুরুমবু চৎলগে হায়নদি কুরুম খোংশান তাল্লকয়ে। তাইবং মীওইবগী থরায়বু খমনুং শরাই তাল্লক্লে। অমন খমলৈ কুমলক্কনা চৎলকপদি অচঙ থোঙবু থিংলম.ল। অশি থোঙদি হাংখরে। তালোয় শানদি খমনুং কিকোই লোংন। অনীমক্লা পলেম নক্তনা, মমা নক্তনা পলেম মমা শানা মখুংনা তাওজিং হৈরাঙ পায়না পাওথেমনা কোথোকলিয়ে। পম্বী নক্তনা পম্বৌ মপা শানা কোথোকলিয়ে।

তাইবং পাওথেম হৈবী অঙাং নাওরাবু থেমহৈবী মশাক্লা মখুক্তা তাওজিং হৈরাঙ পায়রগা অঙাংবু পায়নদি পাওথেমলিয়ে। পারী ইবুংঙো ইমানা হৈরাঙ নীংথিববু পুরকয়ে। হৈরাঙ

---

থোংঙাবেন—অশিবগী লাই। কুরুম—গুরু। রাবা ফেরে লাউবা ফম্মাংচীং - ইমুং ফমজাওগী ফম্মাং। খুনু মীশা তাম্বা লুরুকচীং—শুমাংদা অশিবা পুথোক্লগা ঈরুজবা মফম। খুনু কোবা উচেক্লা শিবা মতমদা মঙক ইরেক লেকথবগুম মীওই-বগী হকচাংস্তু ঈরেক লৈকথৈ হায়দুনা মফম অসিবু খুনু মীশা তাম্বা লুরুকচীংস্তু কোই। খমনুং—অশিবগী লৈপাক।

চায়ো হায়নদি মীওইবগী থরায়বু থেমথোকয়ে। খমনুং পাও-থেম হৈবীনা খমনুং কিকোই লৌওনবীনবু তালোই নহুনা তালোই শা, মরুপ নত্তনা মরুপ শানা হৈরাঙ নীংথিববু চারো। লৈবাং নীংথিববু চিল্লো হায়না খুৎহাপ তোয়না কৌবকপগী পলেম মমানে পঙ্খো মপানে নীংলদনবু চঙলক্কনা তাওজিং মাবু চায়বদি তাইবংপানবু ওইবা য়াদবা কৈ, শিং-ঙেল মাবু চিল্লগা অমন শিকুম ওম্না লৈ। কৈরাঙ অড়ুবু চাহনগে লৈবাং অড়ুবু চিলকনগে থোরাংলিবী মশকনে। মরুপ ওইবিবী খমনুং পাওথেম কৈবী অনীমক্না থেমলকয়ে থরাযবু। অঙাং নাওরা ওইরগা পলেম মমা শানা পঙ্খো মপা শানদি পারী ইবুংঙো ইমানা নপন্নবু তাওজিং হৈরাঙ নীংথিববু পুরকয়ে। হৈরাঙ চারো হাযধগীবু পলেম মমা ওইরবাই নীংয়ে। পঙ্খো মপানি নীংডুনা অঙাং নাওরাশিংনা তাওজিং হৈরাঙ অড়ুবু চারুদনা তাইবংপান্না হল্লকপা য়াদবনা অমন শিকুম্বনে।

শমলাং কোইককপা ওইরগা চান্নবী মতাগী মশক ওইরদনা লৈরাং থোইনা নীংথিববু চিনমিন্নসে হায়ডুনা থেমথোকনদি লৈরাং-ডুবু চিলহল্লে। অড়ুনবু তাইবংপান্দবু হল্লকপা য়াদবনা থোংঙারেল সিদবগী ফানথোং পাযখবে। থরায় অড়ুনা মোয়াং-থাংবু ওইরগা মশাবী চান্নবা মরুপ শানা কৌথিরবগী হৈরাঙ চামিন্না লৈরাং চিনমিন্নরবগী হনবা য়াদবনা থরায় লৈখরে। পাখং লেংগা চাওবা ওইরগনা তালোই মরুম্বী শা, চান্নবা মরুপ ওইনা কৌথোক্কুনবু শমু লেংফাংবনা পাওশা কুমৈ

ভৌনদি চৎখিরবগী গুরুগী ফানখোং পায়খরে। অসুমনা থেম্না থেম্না পুখিয়ে। তাইবংপানগী থরায়বু থরায় মঙামা মিগা থানা তরুকমপু খমন্নুং পাওথেম হৈবীনা থেমডুনা পুখিরবগী থরায়বু পুথোক্লগা য়াংলৌ লমখাংদা থাদোকলময়ে। খমন্নুং কিকোই লৌওনবীনা।

নমু তাইবংপানবু থেমডুনা পুথোকলগা থনম্বা মফমদি লমলাং থাপুং পোৎথাফম ললাংপুং মতোন খারি কৈথেল কান-ফম অডুদা কামিন্নৈ। চানা রানদেং খোইবী শিংজু চামিন্নবগা হায়রকয়ে। অঙাং নাওরা ওইবশিংদা। নাওরাও নখোইবু হায়গে তাও, ঐগী ইতুং ইল্লগনো নপল পন্থৌ নত্তে, নপু নত্তে। নপল পলেম নমাদি নত্তে। তাইবংপানবু নত্তে। অমন শিকুম তমলকপনে। নপল প[illegible] ন[illegible]গী নপল পলেম নমাগী য়াংলৌ লমদাং থিবদি থংল [illegible] ঐদি [illegible]মন্নুং কিকোই লৌওনবী[illegible]নে। মুরা পাওথেম কৈ[illegible] [illegible] রূপ [illegible] তালোই শানা পুং[illegible] [illegible] মাংখ[illegible]।

অঙাং [illegible] [illegible] উরক্কবগা পলেম কোম[illegible] [illegible] থু[illegible] [illegible] থোঞ্জেল রাংনদি কোরৌ [illegible]খোংবগুম মীকপাখয়ে। অহল ওইবশিংনা অমল খমলৈ শিকুমলকপশিংবু অঙাং নাওরাশিংনা মপাগী মশকপু উরক্তা, মমাগী চেংলৌবু উদবনে। অঙাং নাওরাশিংনা অহলশিংডুবু য়েংডুনা হায়রকয়ে। পলেম পন্থৌ মানবশিংও নপারী নমোম মানবশিং ঐখোয়বু নত্তুং থরা ইনজগে।

পলেম ইমাগী খোমলাংবু লাম্বনা তাংজ নাওবা খোংকাপ থাংগুমদে। পল্তো ইপাগী চেংলৌ উরক্লরে। ইমানা লৈবা মফম, ইপানা লৈব মফম মাইকৈরম অমুক্তা তাকপিও হায়না কপচরিয়ে। অহল ওইবশিংনা মপারী লৈহৌবা, মমোম খাই-নবম্বশিংনা হা লাংলেন ইচামানবশিংও। নপল পল্তো নপাগী নপল পলেম নমাগী লমদাংদি থংবা ঙমলবোইয়ে। ইচুং ইন্না লাও পাবী ইমোম মানবশিংও, যাদবগী অহল ওইবনে। পাখং কৈবা তোলগা চাওবশিংও, শমু লেংগা খোনবশিং, ময়া মাইকোই কেলবাও অনাম্বা অঙ্গপশিংস্থ খমনুং পাওথম হৈবীনা থা দাকলম্বন নমু তাইবংপানবগী থবায়ন হনক্লিনফম লমদাং শাদবগী খুদাং পিরেম কৈ পাংজা মরু লুকন মীকপলদনা অরা লৈখে তানদি মালেম লৈমাইথক্তা ওন্না ওন্না কপলদনা। খুবাক লাইনিং শানদি তাইবংপানবগী লমদাংবু য়েংঙকপদি থবায় অয়ম্বনা য়াংলে লমদাংদি উপক্তনে। অচং লম্বী খংদবে।

উদবা মতমদ লমদাং থিবা খংলবদা তাইবং লমদাং ওইদরে। শিকুম লমদাংসম লমদাং শিংনব, লাকপগী মতাই-রেন্দি চৌংশাং লোক্লমদি ঐরম মরি (১) ফাংনা চেল্লিবনে। ময়াই থাইনা চংলক্লে। তরু সী লাইরেম্মবু য়াদবগী য়েংওইনরমলে। খরা চংলে হায়রগা লাঙ্গোলনিদা নিংথৌবু, তানফংলে থবায়দা। লাংগোল নিংথৌবু শমু য়েংওইননা থনময়ে। খরা চংলে হায়রগা থোংঙাকনিদা লাইরেম্মগী মশুমাংবু য়োৎক্লে। থবায়দো

লাইরেন্মদি ইবেম্মনা লাইজ ঈরুম লিংবীনা মহাক্কী মশুমাঙদা ম্নোরবদা থরাম্নদো। অশিববু থেল্লে হায়বগী থোঙঙাক অশিথেল কৌরিবী। কোয়না চৎলি হায়বগী মকোই চীংব, কৌয়ে। থরায় নুংওল্লি হায়বগী নুংওন চীং কৌযে।

শিখিবা থরায়না থোঙঙাক লাইরেম্মীগী চীংঙ্বা লাইথোং হাংদনা ইবেম্মগী ফানথোং পায়নদি খুরুমজরে খুয়াদা। শিরকলিবা থরায়না ফানথোং পায়ববু উরবদা ইবেম্মা থোঙঙাক লাইরেম্মনা লাকলিবা থরায়শিং অদুবু খুৎহাম তোইনা তোইনা কৌশিল্লদনা হায়রকয়ে। পারী ইবুংঙো ইমোম লাংলেন ইবেম্মশিংও। ইমানা লাইজ ঈশিং (ঈরুম) লিংলিবা, থরুং চোম্না ঈথিল, লাইজ চোম্না হাপ, ঈরুম লীবদি নথোইগীদমক লীংবনে। ঈথৌ লাংবব, থকনবা লীংবনে। য়াংলৌ লমদাং শাংনদি লাকপগী লাইজ ঈথৌ লাংবব শমু-নখুৎনা কোরেক পায়নদি ঈশিং থরুং ঈমাই চোল্লিবব কন্দনা কন্দনা থকখোও। পারী ইবুংঙো, ইমোম লাংলেন ইবেম্মা, অহনশিংও হায়রকপবু।

থরায়শিং অদুনা পারী থনম্বা, মমোম লৈহৌবা, পম্বৌ মপা কায়নবা, পলেম মমা শেৎনরকপশিংব, নীংশিংলজনা ঐখোইদি থমনুং শরা ঙাল্লকলে অমন শিকুম ঙমলকয়ে খংলদনা পারী থনময়ে ইমোম লৈহৌরে মখোইগী চেংলৌ উরয়োই। লেমলৈ ঙারু শৎ তরা চাকইন থোম্বব ঙমলরোইনে হায়দনা খুদাং পিকম তৈনা কপল্দনব লাইজ ঈ-থজনা লৈরে।

থরায়শিংদো পঙ্গৌ মপা লৈহৌবা, পলেম মমা লৈহৌবনা মমা মপাগী চেংলৌ শক্তি উরক্তা মশানৌ মুংশি থৌইখোইবা তালোই মতু শেংদন থাইনবকপা মশাবী থংলেন থাইনরকপা। চেংলৌ মশক উরকত্তবদা খোইবু হোৎ লিনবু তাওনা পায়মা পীবুকনুংদা মুংশি মথে লৈত্তন। খুদাং পিকম তৈনা তৈনা মীকপনদনা লাইজ ঈশিংবু থক্রুনা লৈরে।

পারী থাদোকলময়ে, ইমোম থাইনরময়ে। থমমুং শরা তাল অমন শিকুম তমলকলে। পারী চাওদবদি নাওরা চাওদবদি কনানা লাঙ্গোলগবনো? ইমোম্বু কনানা নাওয়োক্ত-বনো। হাবনা কোকো নোং খোংবগুম তুকুমনা কপনা কপনা লৈরে।

মুরা লাংজেং মথোক কাবকপী শমলাং কোইককনবীশিংনা। পলেম মমাবু নিংশিং, পঙ্গৌ মপাবু নিংশিংলকয়ে মহু নিং-থৌশিংবু নিংশিংলকয়ে। শাবী শানৌ মমাম্নবু থল্লুরগা ইকাই তুচুংনা শিংগোইনা তাংজা মমায় ফিরু খুমনা মুংওন মুংশিখিয়ে।

চৎখিবা থরাযশিং অহু উবদা থোঙতাক ইবেম্মা থরুং লৌংবি ইবেম্মনা হায়রকয়ে। পারী ইবুংঙো, ইমোম লাংলেন অহনশিংও। ইমানা নখোইবু য়াংলৌ লমদাং শানবু লাক-পগী ঈখৌ লাংগনি হায়না ইমানা থমলিবা ঈশিং অসিবু থকও। করিগী লাইজ ঈথক্রুবনো। নখোইবু থমনুং কিকোই লৌওনবীনা, লুরাংপাও থেমহৈবী অনীমকনা পলেম নমা নত্তনা

নমা শানা, পঙ্খৌ নপা নক্তনা নপা ওইদনা তাওজিং হৈরাং পায়না পায়না থেম্বা করিগী হোযযানা লাকপনো তাইবংদা অমুক হনবা যাম্নরোইযে। তাইবংপানবা লম অত্নদি অচং থোং থিংহোরে। অশি থো দি কাংলবলে। উপ্পা চপ্পা থোংদি অং থোংনে। অচং থোংদি থি থরে লোংনা চপ্পা থোংদি অশি থোংনে। লোংনা চপ্পা থোংদি হা লকযে। তাইবংপানগী লম দাংদি চৎপা যাবাবাইযে। তাইবংপানগী লম্বী থিংথন। লমদাং মুৎহোরে। য়াংলো লমদাং শাংনা। লাবপগী লাইজ ঈখৌ লাংবনু ঈথকও পাম্নী ইবুংঙো ইমোম লাংলেন অহন শিংও তাইবংপানবদা হনবা যাম্নরোইয়ে। লাইজ ঈশি আসু থকও

তাইবং মী ওইনা হনবব যাবারোইদবনে হাযবা অদু উর-বগী থম্নাযশিংনা কপ্পা কপ্পা চংনক্তন। থম্নাযশিং অহনা লাংজ (শম্) মখুৎনা কোবেক পাবত্তনা খরং ঈমাংথক্কগী লাইজ ঈশিংবু কপ্পা কপ্পা বন্দুনা ঈশিং অত্নবু থকলে থম্নাযশিংদা অঙাং নাওম্না ওইবনা পানম মমাগী খাম্নাং থকলক্কবগী খোম্নাং লাইজ লাম্বনে লাইজ ঈখৌ লাংবনে অঙাং নাওম্না ওইবনা মখুৎনা কোবেক পাযনা খরং মপান্নদি ম্নাংবনে ঈশিং কনবদি ফংদা, অঙাং নাওম্নাশিং অত্ননা মচিনবান্নদি খরং অত্নগী মপাল অত্নবু খোমলাং ওইরবোই নীংত্নুনা থেংলবদা খরুং মপাল-নদি কনবগী নাওম্না উম্নদি নোবনা, চিনবান্নদি নোবনা য়াম্নী,

উন তত্তনা লাইজ ঈবু শিম্বরকপনা থরুং ঈপালথক্তা ঈবু ঙাংনা তৈয়ে।

লাইজ কনবা ঙমদবনা অঙাং নাওবাশিংনা মপল পলেম মমাবু নীংশিংলক্কুনা নাওবা খোজেল বাংনা পলেম মমা কৌনা কৌনা কপলক্লে। খোমলাং থকপদি মতম ওইনবা, থকপদি ফংদা, নাওবা মতিক নত্তনা খমগুং শবা তান, অমন শিকুম তমলকপগী লাইজ ঈশিং থক্কে নীংবম্বু কাবা ঙমদবনা নাও-বাশিংনা কপ্পা কপ্পা লৈরিববু উরুবদা অহল ওইবশিংনা মপারী নাওবা থনম্বা, মমোম নৌনা লৈহৌববু নীংশিং মপারী মমোম্বু নীংশিংলক্কুনা কোবেক অত্থুবু পাযত্থনা য়াংলৌ লমদাং শাংনা লাকপগী রাবনে ঈখৌ লাংবগী ঈথকপা ফংদবগী অঙাং নাও-বাশিংনা কপ্পা উবগী রাবনে। মপারী পান্দমনা, মমোমশিংগা পান্দমনরুদনা কোরেকনবু লাইজ ঈশিং কন্নদি অঙাং নাওবা-শিংবু অহল ওইবশিংনা ঈশিং পেন্না পেন্না পিথকলিয়ে।

অস্থন্না থরাযশিংনা অরা পোৎথানা লৈরময়ে। অত্থুদগা শিকুম লমদাং শিৎনা লাকয়ে। থরা চৎলে কায়রগা তুরেল তুখাই লাল্লকলে। ঈরাং লুখাই তমনা লাকয়ে। খোংহাম পাম্ভি য়োরকলে। খোং হামলে, ফিগুবোক্তা ফি শুরে। ফি চামলে হায়রগা মকোই মুংঙোল চৌংদা কাদনা হৈরু রোক্তা হৈরু লোথোকলে। চয়োম লোক্তা চয়োম থোক্কুনা তারা চয়োম চারে। অত্থু লোইরগা চেংহী উতি লুজরে। চরৈ কিঙৌ কোরে। তাইবংপান লমদাংবু হন্না য়েংলগা তাইবংপানবু

উরগা মুংওয়ে হায়বগী মুংওনচাং কৌযে। কোইনা চংলে হাযবগীবু মকোই কৌযে। থরায়না লাংনবু চিংনা হায়বগী লাংজিং কায়না কৌয়ে।

থরায় মুংওনবদি করিননো হায়গনি। থরায় মুংওল্লি কায়বদি করিগীনো কায়রবদি তাইবং লমদাং উবদা মশাবু থালফম লমজাও মৈথু খুরুম্বা খাম্বী মৈশা লাংববু উরবদা মুংওয়ে। থরায় ঐবু কনজনবা য়াদরে। থালফমদা মৈথু খুথরে। খাম্বী মৈশা লাংয়ে। মৈবী তাঙ্গোই পাইরকলে। পারী লৈহৌবা মযোম থনম্বা মচা মশু লৈহৌববু নীংশিংনা পুক্লিং মুংওল্লি হায়বগী মুংওল চাং কৌবনে। থরায়না কোইনা চংলে হায়বগী মকোই কৌয়ে। থোঙতাক অসি থেন কৌবদি কদোনোংগীনো ? হায়রবদি, অশিবগী থরায়বু থেল্লে হায়বগী থোঙতাক অশি থেন কৌয়ে। অদুনা থোঙতাক অশিথেন মকোই মুংওনচাং হায়না কৌবনে।

· অদুদা থরায়না চংখিদুনা চাংঙুবা লাইথোং হাংদুনা তুরেল ঈপাকথক্তা শমলাং মশুং অমনা থোং ওইরিবা শমলাং মশুং অমনা পাম্বৈ ওইনা লাম্দনবু থোঙতারেল শিদবগী খমনুং নিংথৌ মাংদা কানথোংদি পায়রুরে। থরায়না খমনুং নিংথৌগী মাংদা তৌজমন, মানা মানা তৌজরকপগী মতুংইন্না হায়রক্লবদা রায়েল চুমনা থাখিয়ে। মানা মানা তৌজরকপগী মহৈবু মানা মানা কংজহল্লি। চাংঙু খোইরম রাচুম্বনা রাচুম শুইয়ে। অচং লমলেন থংও, অশি লমলেন্দি কমুংবু থমনুং কৌই। পম্লাং থলবু

খোইয়া উতংপোক কৌয়ে। খোংকাংবু কোলফু নোংফাইফম কৌয়ে। কোলফু নোংফাইফম্বু বাবা ফেরে লাওবা ফমমা‧ চৗং কৌয়ে। ঈরুফম্বু খুমুনা মীশা তাম্বা লুকক চৗং কৌয়ে। থোঙজিলবু চে‧জা লাল্লুম থেল কৌয়ে। থানফম্বু শান্না ঙাইনা থেল কৌয়ে। মাংশোক লাইথ‧ নাকথবু অশি লমলেনথোং কৌয়ে। শাইকং ইয়া তাফম্বু যুসিলফম কৌয়ে খাংঙেলফম্বু শুমায ইল খালফম কৌয়ে। অশি লমলেননে থংও। শুমায নোং লান্দনা খাইফম থোই তোংফল্লে। অমন য়াইথোং কাহল্লো। অমন থ'ৈব কুমহনগনো। অশি থোংলেন্দি হ, র, স থংনা শাক্তেন তৌও। কুপনা পাওতাক মতু‧ইয়া থংজও। হয়ি হয়া হে॥



লোইরবা